[ মনিপুর সৰকাৰ শিক্ষা বীভাগকী শেম্‌গংনা ফোংজবা ]

# টৈনেঙ্কোলগী টৈনরাং

[ শৈরেং ]

অৎহৈবা :—
লোকম গৌরমুহোন সিংহ

{ * }

মমল — লুপা ৪/- তনি।

কোংজবা : —

দি বর্মিং আর্টিস্ট এসোশিয়েসন বাংলা ।

লাইরিক মশিং :—

লিশিং অনি ।




অহানবা পুথোকপা —

ফেব্রুয়ারি অহানবা চয়োল (১৯৮২)

লাইরিক ফংফম : —

ইম্ফাল লাইরিক য়োনব দুকানশিং, অকোংবা অমদি অইব মশাদগী ।

লাইরিক নম্ফম :—

দি রেগ্যাল প্রেস নুরাংশংবম

# কচ্চবা

মণিপুর পোকপী পলেমগী ইমাশিং নখোং হাম্বল অনিজা কোল্লবা পাংজদ্রবা মচা ঐহাক্না মিংথিবি লৈকোলগী লৈরাং কথাবু তোল্লবা নানাইগী রাংথলনা লাম্বা ফংবা থরদংনা লৈরাঙগী নতিক শৌজরগা লৈকোনগী লৈরাং কৌথুনা, পোইরৈ কংলৈ পুংময়োল্লা লৈকোনগী লৈরাং শাংচবনি পেনবিবকো। ইমানা লৈথল শুনা শাংলিবী নিংথিবী লৈরাংগী লৈকন্দগী রাখলগী লৈরাং কয়া হেকচরগা পলেম ইমাগী খুয়া খদা লৈকোলগী লৈরাং কংচবদি, পেনবি হৈবী ইমনি, পেনবিগনি খনজহুনা লৈকোলগী লৈরাং কচ্চবনি।

অইবা।

## হিরম লমাই

# নোংমজিংবা

হে তাইবংগী মপু-ও
নখোং থম্বাল অনিদা
তোল্লবা ননাইনা চংজবি ॥
পাক্লবা ইপাক, ইয়াইদা
মাইকৈ থংদ্রবা ননাইনি ॥
লাওমদ্রবা ব্রাথলনা
পাক্লবা শমুদ্র ওইরিবা
তাইবংপানবা জিবনে ॥
অসিগুম্বা ইপাক্কী
মাইকৈ চুম্না লমজিংবিবা
মপু নহাক্কী থৌজাল্লি ॥
ব্রাথলগী সমুদ্র খোংবান্দা
মৈরি মভান থোক্নুনা
থাওমৈ থাল্লিবা মপুনি ॥
মাইকৈ থংদ্রবা জিবনা
মাইকৈ লম্বী থংলক্রুবদা
মপুনা মাইকৈ তাকপিরি ॥
সমুদ্র লাইজ ইপাক্তা

মাইকৈ খংজ্রবা হিহোনবা
চংশিল্লকউ কৌখিরি ॥
হা জিব নহাকপু
লম্বী মফম খংজ্রব্রা
খুৎশম্মনা পুবিরি ॥
তাইবং মপু মহাক্না
চেকশিল্লকলবা মতমদা
জিবগী মরুপ ওইবিরি ॥
তাইবং পানবা খিবিকপু
পাক্লবা ইপাক ইয়াইদগী
মপু মহাক্না লানবিরি ॥

---

# মুঙ্গারৈ

লৈরাং নমিং তাবদা
তাইবং জিব খিবিক্লি
পুক্লিং পেম্মা মুঙ্গারৈ,
হা লৈরাং লৈনুংশি
মুঙ্গারৈ কৌবি নহাকপু

মরি চংপনা নহাক্তি
মীতৈ কংলৈ পুংময়োন
য়োইমেংবা তাওথিংমাং
নিংথৌ মচিন মনাওনা
মীতৈ তুরেল তেংবলম
কংলা শুকুং খোংজিরি ;
পোইরৈ মীতৈ নিংথৌনা
সনা কম্বাল তোংবলম
মীতৈ কোম্মুং মপুংয়াইদা
শাংপি লৈরাং মুঙ্গাৰৈ ॥
পামেনগী মশাক্তুম ওইরিবি
নিংথিবি লৈরাং কয়াগুম
ওইদনা মরী চংপদ্রি
করি রাখল খন্দুনা
মরী চংনা শাংপগে ॥
লেংমান্নবী ইতা ময়ামগুম
লৈরাং ঐস্মু ওইজগে
পুক্লিংনদি, নিংজৈয়ে ;
মরী চংপী ওইবনা
পামেন লৈরাং ময়ামগুম
লৈরাং ঐনা শাংচবা

ঙমদবগী মরম্না,
লৈবাক্তা মরি চত্তূনা
লৈরাং ঐনা শাংপনে ॥
হা লৈরাং মুঙ্গারৈ
লৈরাং নংগী নগুম্না
মীতৈ লৈবাক অসিদা
তাইবং পুক্লিং হুথরে,
ঋতু খুদিংদা শাংপনা
লৈরাং নংগী নভৌনি
মীতৈ পোইরৈ লৈবাক্তা
অতং অথম লৈতনা
ননিং থুংনা শাংপদো
ওইবিথরো লৈরাংও ॥

---

# শিঙ্গারৈ

মীতৈ লৈকোনগী মবেম্মা
হা লৈরাং শিঙ্গারৈ
লৈরাং নংগী নগুম্না
মীতৈ লৈকোন্দা নিংরে ॥

মীনদি হায়নৈয়ে নহাকপু
মীতে লৈরাং শকহেনবি,
মীতে মুক্তা খিবিকি
পাইশা পুক্লিং মুংচোন্নৈ॥
লৈরাং নংগী নিংখিবা
কোলোই নমিং তাবদা
মন্থরুরবা রাখলবু
অনৌবা ঋতু লাকপগুম
ওন্না ময়োল চোংহনবা
লৈরাং নংগী নগুম্নে॥
মীতে লৈকোন্দা শাৎলিবি
শিংজেল লৈরাং কয়ানিং;
লৈরাং লৈচু কয়ানা
লৈতেংলিবা লৈকোম্নি
মীতে লৈরাং কয়াগী
লৈরাং মশিং থাবদা
মীতে কবি খিবিক্ল
শিংথারিবি লৈরাংও॥
হা লৈরাং লৈমুংশি
সিঙ্গারৈ কৌবি লৈরাংও

মীতৈ পোইরৈ লমদমগী,
চান্নরিবি শিঙ্গারৈ
মীতৈ পোইরৈ লৈবাক্তা
লৈরাং নংগী নগুম্না
ঙানপ্রসন্নু লৈবাংও ॥

— ——

## মালিকা

মালিকা কৌবি লৈহুংশি
লৈরাং লক্তুগী অথোইবা
মীতৈ সনা লৈবাক্তা
খনগৎনবিবি লৈরাংও
পূর্ণিমা থাজগী মঙাল্না
মাইকৈ থুংনা শিনবদা
মেংলবা থাবলগী মঙাল্দা
হুংশিবা লৈরাংগী লৈনমু :
ঈংনা তপ্পা হুম্লিবা
সনয়াগী হুংশিৎনা

থাজ মণ্ডালগা লোইননা
লৈরাংগী লৈনম পুহ্না
মাইকৈ শিন্না য়েনবদা
থাজ মণ্ডাল ুউরগা
মুংশিজবা লৈনম তারগা
তাইবং জিব খুদিংমক
পুক্নিংগী তপখবা ওমদরে ॥
থাবল ফরবা অহিংদা
পুক্নিং তুরবা মতমদা
থাজ মাইথোং য়েংহনা
মালিকা কৌবি লৈরাংনা
অহিংগী মেংলবা থাবলদা
লৈকা কন্না শাৎলিয়ে ॥
মেংলবা থাবলগী মণ্ডালদা
মালিকা কৌবি লৈরাংনা
ভৌনা ভৌনা শাৎপদি
লৈবাংগী মণ্ডল হেনবা
ইচিক হুনবা থাবলনা
চিক্না ইংনা ওানবনে ॥
থাবলগী মণ্ডাল ফংবদা

লৈরাংগী লৈনম তাবদা
ময়াই কারবা খোইমুনা
লৈরাংগী মাইকৈ লাক্কুনা
ঙংনা ঙংনা পাইরক্লে ॥
মেংলবা থাবলগী মঙাম্না
মালেম লৈমাই থকসিদা
তগুপ তরেং চাইথরকপদি
থাবলগী মঙাল ঊরগা
লৈরাংগী লৈনম ফংবগা
পুক্লিং তপথবা ঙমদ্রবি
খোইনৌ চান্নবি ময়ামদি
অরা মৈচাক হেনথরে ॥

---

## থাবৈল

থাবলগী ইপোম মরক্তা
অহিংগী হৈরাং শিংদচল
নুংথিলগী লৈরাং শিংদচল
থাবলনা ঙনিক্লা তানবদা

শাংচরিবি থাবল্লে ॥
অহিং মুংখিগ অনিদা,
শাংপনা লৈরাংগী থাজংওই,
হা লৈরাং অনৌবি
নিংথিবি লৈরাং নগাকপু
অহিংগী লৈরাং কৌজগে
শিঙেল লাইবক ফবনা
অহিংগী মপু ওহরিবা
থাজগী নিংথিবা মাইথোংবু
পুক্লিং পেল্লা য়েংহনা
শাংচরিবি থাবল্লে ॥
কুমগী মতম ওইবদা
লৈকা ফন্না শাংলক্লে;
লৈরাং নাচোম মওংগুম
লৈরাংনা ভৌনা শাংপদা
তপ্পা তপ্পা হৃককপা
হৈনম লৈনম পুরবা
মলয়া মুংশিংনা হুরদা
লোয়না অগোই শারিয়ে ।
মপুগী লৈকোন নিংথিবদা
শাংলিবা নিংথিবি লৈরাংও;

লৈরাংগী নত্তৌ উরগা
নৌরবা মাখল লাক্‌না
মপুগী গুণবু ইন্নিবা
লৈরাংগী কোলোই থানিঙ্বা
মিওই কাংলুপ কয়ানা
অতংপা লৈতনা শৈথাম্নি ॥

## খুলগী লৌউবা

অয়ুক ওয়া মাহোবা
খুলগী লৌউবা মুপানা
ইমুং চিংথৈ হনবদা
মরিংগী য়েনখোং তাবদা
মতম থেংবিনি খনবনা
লোংমগী মপু খুক্লে;
নোংমগী মথৌ পাংনবা
পুক্নিং হয়াও হয়াওনা
মনগী পাখোং মাংদা-থা
লৌবুক মাইকৈ পাংলক্লে ॥

ঙসিনা কয়াম খোইগনি
থনবদা পুক্নিং সুংঙাইবা
থুলগী লৌউবা কাংলুপ্না
পুন্না পুন্না কমত্থনা
সুংঙাইবা ৱাৱি শান্নৱি ;
অৱাবা থিবিক কাওহনা
ঙাইহাক পুন্না পোথানৈ ।
ঙাইহাক মতম কন্নগা
মাগী মাগী মথৌদা
পুক্নিং চংলবা কাংলুপ্না
ওন্না মথৌ পাইনরে,
কুমগী নোংজু মথোন্নে
হঙোই থিবিক্না খোংবনে
হঙোই মখোল তাবদা
পুক্নিংগী অৱাবা কোক্‌ন্না
উকাই কায়ল লারভক ;
কৌদি থুম্বা পাইহনা
পুক্নিং হৱাওনা চাইরক্রে ।
ইমোইন্নু অহোংবি
চাকহোং ঙাহোংহল্লিবি
কৌওইবি লাইরেম্বী নহাক্না

কুমশি ফৌগোং থম্লবা
কাবিরকক্ট ইবেম্মা
খুকম্মা ফৌবু হুম্লক্লে ॥

---

## ইঙ্খোল কোইব্বা

## আম্নি

হৈরাং নিংথিনা থাহুনা
লৈরাং নিংথিনা থাহুনা
ইংখোল কোয়বা মালিনা
নিংথিবা হৈকোল শেমজবা
লৈরাংগী হৈকোল শেমজবা
হৈরাং নিংথিনা পান্দুনা
লৈরাং নিংথিনা শাত্তুনা
ভাইবং মপু চরন্দা ;
হৈরাং লৈরাং কচ্চবা
নিজরিবা মালিনে,
ইংখোল কোয়বা এইহাক্লে ॥

তাইবং মপু চরন্দা
হৈরাং লৈরাং কৎপনা
পুন্সি থোঁদাং ওইজগে
রাখল থম্না কোইজবা
লৈগী ইংখোল শেমজবা
হৈগী লৈকোল শেমজবা
মরিক চুম্না পাল্লগা
লৈরাং কজবা শাৎলগা
তাইবং মপু চরন্দা
ভক্তনা কৎচবা ভবদো
পিনবিয়ু মপুনা ॥
লৈকাই রাংমা লান্দুনা
লমদম থাপ্না চৎতুনা
লৈরাংগী লৈশক থল্লগা
থাজরিবা মালিনে ॥
হৈরাং নিংথিনা পাল্লগা,
লৈরাং নিংথিনা শাৎলগা
লৈগী লৈকোল তমজনা
মপুগী গুনবু শকুনা
থোইমু লাবা অমোম্না;
ভংনা ভংনা পাইবদো
পামজরিনে মালিনা ॥

# মালতি

মালতি কৌবি লৈরাংও
মহাক্না চৌনা শাংতুনা
নিংথিদা লৈরাংগী লৈকোলবু
মগুল কযা হেলহন্না
শাংলিবি নিংথিবি লৈরাংও ॥
লৈরাং নংগী নগুন্না
নংগী নিংথিবা মিংচংনা
তাইবং পানবা জিবনা
শাংগ্রবা রাখল খিবিকপু
নৌনা ময়োল চোংহল্লি ॥
তপ্না হুম্বা মালংনা
তপ্না তপ্না হুমহুনা
লৈরাংগী লৈকোল নিংথিবদা
মালংনা কায়দা হুম্লকপদা
নোযনা জগোই শারিবি ॥
লৈরাংনা শাংপা লমদমদা
পুকচেল তশোয়বা খোইন্নুন

পুক্লিং ইরাং হৌদুনা
লৈরাংগী মাইকৈ লাক্তুনা
ঙংনা ঙংনা পাইরক্লি ॥
মাইকৈ শিনবা থুংগ্রবা
শিজেল লৈবাং নমিংনা
তাইবং মিরমলেনসিদা
লৈরাং নহাক্না শাক্তুনা
জিবগী মঙ্গোল পিবিরি ॥
কনাগুম্বা জিবনা
লৈবাংগী লৈশক উরগা
অনৌবা রাথল কয়ানা
লৈরাংগী নগুল থাদুনা
পুক্লিং পেন্না শৈথারি ॥
মালেম পৃথি লৈমায়দা
লৈরাংনা ভৌনা শাংপদা
খোইমুনা ঙংনা পাইরক্লে,
খোইমু মখোল তারগা
লৈবাংগী পুক্লিং নৌহৌরি ॥
অনৌবা রাথল কয়ানা
রাহল্লিবা লৈরাং নে;
রাজবি ঐগী থমোইসে

কোকসিগে খনবদা
রাজরবি ঐহাক্কে ॥
লৈরাংনা রাবা উরগা
লৈরাংগী মতৌ য়েংনবা
তয়াং তয়োয়বা রাথল্লা
ওইরিবা খোইমুগী পুক্লিংদো
লাপথরো লৈরাংগী নাক্তগী।

---

# তাইবং পুনসি

তাইবং জিবগী মপোকসে
শিঙেল লৈরাংগী পাংখক্লে;
লৈরাংনা লৈমন চল্লিরৈ
শিঙেল্লা লৈকা ফল্লিরৈ,
নিংজহৌরো তাইবংপা
রাথল লৈমন চনগ্রগা
নিঙমহৌরোই, মপোকসে ॥

* শোকজদ্রবা কপোক্তা
শোক্লব্রিবা ঐখোয়নে
যুগাইনা শাংলপ্পা লৈরাংনা
লৈরাংনা লৈমন চন্দুনা
লৈথাই থক্তা কেনবগুম
তাইবং পাম্বা কপোকসে,
নোংমদি শোয়দনা কেনখিনি।
শাংলপ্পা লৈরাং খিবিক্ত
মাগী মতম লোইপ্রগা
লৈমাই থক্তা কেনখনে,
পাইখিনু. হা চেক্লা নাহাকপু
থম্লোই পোন্দা তোংলিবিও,
চেক্লা নংনা পাইথ্রবদি
লৈরাংগী পুন্সি লোয়রগনি।
চেক্লা নংনা লৈরিমখৈ
লৈরাংগী পুন্সি লৈরিক্কে
পোন্দা য়েংকপা চেক্লানি
ননিং থুংদে থন্দুনা
অমদম তাম্না পাইখগে
চেক্লা রাথল তৌবরা-?
পাইখিন্নু হা চেক্লাও

লৈরাংগী পুন্সিনা লৈরি মখৈ
ছেক্লা নংবু য়োকখগে ॥

---

# লৌশিং

ঐদি লাম্বা কঙদরে
কয়াম কদোমদা চংলগা
নংবু থিবা হংগনি,
পাক চাওবা মংক্লেমগী
ময়ম মকম খুদিংমক
নহাক্কি শিনবা থুনমই
তাইবং শেম্বা মপুনা
মালেম থম্লা শেংমই
অতুবু ঐহাক্না পাংথনা
নহাকপু ফংবা ঙমদরে।
মপুনা শেম্লবা তাইবংদা
বনাচ শকমাম্নদেদো:
অহুত্তম লৌশিংগী মথালত
অমগা অমগা মান্নদে
তাইবং পানবা মপুনা

লনগৈ চাওনা থম্বিরি
লনগৈ মুংদা চংলগা
জ্ঞানি লৌশিং লৌজরু
থৌজানবিরি মপুনা,
পাংলবা মপোক ঐহাক্না
জ্ঞানগী লনগৈদা চংলুবা
পুক্নিংগী অঙকপা ফংহুনা
লৌফম খংদনা মতোকই ॥
নাহাকপু ফংলবা কাংবুনা
লৌশিংগী মৈ ফজনা চয়
পাংলবা তাইবং জিবদা
লৌশিংগী মঙাল তাহল্লি
অরুবা হিরম কয়াবু
লাইরিক কয়া ইহুনা
লৌশিংকয়া তাকপিরি,
চাওখং থৌরাং কয়াদা
তুংগী লম্বি ওইলবা
চাংরবা শরুক য়ারিদো ॥
তাইবং জিব কয়ানা
লনগৈ মুংদা চংহুনা
মানা মানা পামজবা

ঙম্নমখৈ লৌনরি
লৌশিংগী লননৈগ মুংহুদি
ময়েং তাবা নাইদবা
লৌর লোর হেনগংপা
মপু মাগী লনগৈনি ॥

---

# ইচিক হুন্না অহিং

মেংলবা থাবলগী মঙালনা
মালেম পুম্বা ঙালখরে
উঃ উ.রিঃ নাপি খিবিক
হৈপাল লৈপাল, উপাল
পুম্নমক ঙম্না তুমখিবগুম
জিব খিবিক্না খল্লক্রে,
উপাল, রাপাল পুম্নমক
ঙম্না তুমিন্না লৈখরে ॥
অহিংগী মতম ওইরবদা
ইচিক হুল্লিবা অহিংনা

ইংনা তপ্না চন্তুনা
তাইবং পান্বা খিবিক্তা
লুংঙাইবা শরুক পিবিরি,
তাইবং জিবা থিবিকস্থু
মুঙাইনা তুমখুল হুনখরে ॥
যোগি ঋষি খিবিকমক
ইচিক চল্লিবা অহিংনা
তপ্না তপ্না চৎলকপদ
লাইগী ধনি তাহনা
পুক্নিং পেম্না মুঙাইরি,
কৌজেং হারৌ খিবিক্না
অতৎপা লৈতনা খোংলিবা
মহৌশা মাগী ধনিনা
তম্নুনা নিল্লিবা অহিংনি
যোগি ঋষি খিবিমক
লাইরিক লেংলিবা কবিসিং
অসিগুম্বা অহিং অসিদা
অনৌবা রাথল কয়ানা
তত্তনা থন্দুনা নুঙাইরি ॥
লাইবু নিংলিবা মুনিনা
লাইবু তম্নুনা কংলিয়ে
অহিং চৌবি লাইরেম্বীনা

অমুবা ফিজোন শেন্দ্রবা
ভাইবং পাম্বা পুম্নমকপু
কোয়না থুংনা চন্দ্রনা
ভাইবং ইচিক চনবিরি ॥
মাল'না ভপ্রা ভপ্রা হুমহুনা
জুংশিবা লৈনম পুহনা
ইচিক চনবগা লোইননা
জুংশিবা মপাও য়েংহোক্লি !

---

## খাংমুথক্কী চেক্লা ॥

লৈকোন্দা শাংপা লৈরাংবা
লৈরাং লৈখোক লোইহনা
লৈমাই থক্লা কেনবগুম
পম্বোগী ইংখোল চাইগোম্বা
লৈরাং তোমশাংনহনা
মমোম মানা শাংচবা
খাংমু থকী লৈরাংগুম
মালংবা মানা হুম্বদা
লৈরাংনা চোইনা কেনবগুম

লৈমাই থক্তা কেঁনথরে।
মতম তাঞ্জা চাদনা
তাইবং মিরম লেপ্পগী
নোংমা খিদ্যায় সোঁখিবি,
এমোম লাংলেন মস্তাকপু
মাবু লোকপা পম্থোনা
থাংমূথকী চেক্লানি,
পন্থো মানা তেংথারি।
কৈবা থক্তা পমহুনা
অমৃত খোমলাং ইশ্নুনা
য়োকচরকপি পালেমদি
নোংমা মথোক কারকপি
লুংশিবা মমোম কায়নবগী
অবা মৈশা থাংবদা
ওগ্না খোইনা লৈহৌরে।

---

# নরক্তা শাংলগী
# পুক্নিংগী লৈরাং

লৈরাং নংবু শকহেনবি
শিঙ্গেল লক্রগী অথোইবি
নরুপ নশিক্তা ফাংদনা
নারক্তা নদোমতা শাংপব
লৈরাং নংবু কনানো ?
নশকন্থু খংদেয়ে,
নমিংন্থু খংদেয়ে
নারক্তা চিক্লা শাংলিবি
হা লৈরাং নহাক্পু
মাবক্তা শাংপী লৈরাংলা
নারক্তা শাংপী হায়রগা।
লৈরাং নংবু খংগদ্রা,
মীনা খংদবা লমদমদা।
নংনা নপক্তা শাংপবু
নথংলেন কনা কিতুনা।
লৈরাং নদোমত শাংপনো ॥
শোংলবা লমদমদা
মীনা চংদবা মফমদা।
লৈরাং নংগী নয়ুমদা ॥

# বসন্ত ঋতু ॥

ঋতু পুম্নমকী নিংথৌরেল
বসন্ত ঋতুনা লাকপদা,
উ, রা, উরি উপাল খিবি চম্নক
অনৌবা য়েনিং হুনক্লে ॥
পৃথিবিগী গৰ্ভদা
হৌরিপা পাম্বি পুম্নমক
অচংচত্ত পুম্নমক
বসন্তগী মগুন্না
মুঙাই ইপাক্লা তাওহল্লে ॥
উম্ব নাপু কারগা
মহৌশা কৌবি মহাম্না
অনৌবা ফিজোল হোংহনা
তাইবং লিলা ফম্নাক্লা
খোংদাবিবা জিবশিংবু
পুক্নিং ইরাং হৌহন্না
মুঙাইনা লিলা শান্নরি ॥
উরি, উপাল খিবিকসু
চৈপাল, লৈপাংস, খিবিকসু
অনৌবা ঋতু লাকপদা
ওম্না নাপু কাহল্লি ॥

বসন্ত ঋতু লাকপদা
হৈপাল লৈপাল পুন্নমক
নিংথিজবি লৈরাং কয়ানা
চোইনা চোইনা শাক্তুনা
তঙাংবা, অশংবা, অঙৌবা,
লৈরাং লৈচু কয়ানা
নিংথিজনা শাক্তুনা
বসন্ত কৌবি ঋতুবু
ঋজবা কয়া হেনথরে।
লৈরাং পাম্বা থোইমুনা
থুংশিবা লৈনম তারপা
লৈরাং থোঙুল লিহুনা,
থুংশিরবা থোক্কেমা
ঙংনা ঙংনা পাইহুনা
লৈরাংনা শাৎপা লমদমদা
লৈরংগী মাইকৈ থিরক্লি।
বসন্তগী লৈরাংও
লৈরাং মনম থুংশিববু
বসন্তগী মালংনা
তপ্না তপ্না হুমহুনা
মাইকৈ শিম্মা হুম্লক্লে॥
নিংথিবি লৈরাং খিবিক্লা

## নোংজু পাম্বা ॥

ইন্দ্রা ইভেল চংলক্লে
নোংজু পাম্বা য়ৌরক্লে,
কুমগী নোংহৌ অকনবা
নোংলৈ মুংশিং পুন্থুনা
মাইকৈ শিনবা থুংখরে ॥
স্বর্গদা স্বরগী লাইরেম্বীনা
হবাওনা জগোই শাম্বুনা
নোংথাং তত্তুনা কুপলক্লে ॥
মরক মরক্তা অতংপা লৈতনা
অকনবা নোং থাক্লক্লে;
নোংলৈনা কন্না শিংলক্লি;
থুলগী লৌড্‌না ঝাংলুপ্পা
মণগী পাবোং মাংদা-থা
লৌবুক মাইকৈ পাংলক্লে ॥
শামোক থৌবগী খোঞ্জেল্লা
লৌবুক মাইকৈ নিনখরে
হৈপাক, লৈপাক, উরি, বারি
পুম্নমক ওয়া মক্তা লাম্লক্লে ॥

কুমগী নোংহৌ ফংবদা
মফম মফম থুদিংমক
লৌনা মকা লাম্না হৌত্নিনা
মাইকৈ পুম্বা শাংথরে ॥
কুমগী নোংজু ফংবদা
অয়াম্বা হুৎঙৈই শিবিক্না
মফম মফম থুদিংদা
নুংশিবা মাগী খোজেন্না
অতৎপা লৈতনা খেংলক্লে ॥
মপুগী নিংথিবা মগুনবু
অতৎপা লৈতনা শক্লক্লি ॥
লাইবু নিংবা মিশিংনা
মুনি ঋষি থিবিক্না
নোংজু মখোল তাবদা
পুক্লিং পেন্না মুঙাইরি ॥
নোংজু মখোল তারগা
নোংথাং কুপ্পা উরগা
লাইবু তত্তনা নিংশিংলি ॥
চিংগী চিংজাও থুদিংদা
অরাংবা চিংদোল থক্তগী
অয়াম্বা লোকমাই থুদিংদা

লোক্কী ঈশিং চেন্থরকপগী
ত্রেং ত্রোং লাওবা মখোয়া
শোকম'ই খুদিং নিনথরে ॥
নোংজু পান্থাগী মতমদা
চিংগী চিংমাই পুন্নমক
তুমনৌ ইমোয়া কুপথরি ॥
ইভেল নিনি পানবদা
জগবন্ধু বলভদ্র মচিল মনাওনা
মচল ইবেম্মা স্থভদ্রা লোইননা
বথকী থক্তা তোংহনা
মফম মফম খুদিংদা
কেইনা চত্নুনা লেংবিরি
জিবগী মঙ্গোল পিবিরি ॥
নোংজু মতম য়ৌবদা
অয়াম্বা ভুবেল খিবিক্লা
ইমাই চোন্না চেন্থরি,
তুরেল মচা অচৌবা
পাং লাম্খোং পুক্রি খিবিক্তা
কুমগী নোংজু ঈশিংনা
রা রা পাথনা চেনরি ॥
মথল মথা অয়াম্বা

নৈগী জাং খিবিচমু
অতংপা নৈতনা শাংসারু ॥
তপ্পা শিংপা সুংশিংনা
তপ্পা তপ্পা শিঙ্কুনা
নৈগী মনম পুতুনা
মাইকৈ তরা শিনাগ্রা ॥

থয়ো থম্বাল থাবিওখা
নৈরাংগী জাং খিবিকচু
মবুংডো ফৈরীনি বানসনা
মকা লাম্মা শাংচারু ।

অহিংগী নৈবাং থবোনি
সুংখিলগী নৈরাং থম্বানি,
নৈগী মনম যংবদা
নৈবাং খেন্দুপ লিচুনা
খোর্টমুশিংনা ভংনা পাইখ্রনা ॥

জর জব লাওব মখেজন
নোংনা ফুহনা তাবকপা
নোংজু মখোল ভাবদা
থমাই পাবা সুঙমক
তম্মা পুকিং লুংডাই-" ॥

খুলগী মচে মনেমা
খুলং মুপি কাংলুপা
কাংবু কা:বু মাইহুনা
ঙসিগিনা কনাগী
হয়েংগিনা কনাগী
খুলংশিংনা পাওহংনৈ;
হা ইচে ইনেমশা
হয়েংসিনা ঐগীনে
অহুম তৌনা শিংমিটৈ।

---

# লাখলেগী ইথক

হৈরাং লৈরাগী লৈকোন্দা
নিংখিবা হৈগী হৈকোন্দা
মালংনা তপা লম্বদা
হৈপান লৈপান উপাল পুন্নমক
অনৌবা রাখল 'মা লাক্তুনা
চান্না চিন্নগী মখংতম
ঙানা, থেংনা, হায়না লল্লী
মহৌশাগী শকলোন ফজবা তাক্তুনা
মপুগী হৈকোন 'লৈকোনবু
অনৌবা ইথক হৌহল্লি॥
ইথক ইপোমগা লোইননা
হৈরাং লৈরাংগী লুংশিবা মনমক
মাইকৈ মাইকৈ খুদিংদা
মালংনা তত্তনা শন্দোক্লি;
ইথক ইপোম অসিনা
মহৌশাগা পুরিং হরাওরি
মহৌশাগী শক্তম অসিনা
তাইবং পুক্নিং লৈকোনবু

লাইজ ইথক হৌবগুম
অনৌলা রাথল কয়াবু
ইপোম মাইনা হৌহল্লি ॥
পুরুং নৈরাংগী নৈকোলবু
উদবা মাগী রাগন্না
অচুং অথম নৈতনা
উথক কয়া হৌহল্লি,
মহক্কী রাথল খনবনা
তুপলক মালং ওইচুনা
নৈরাংগী নৈনা থুদিংদা
নৈরাংগী নৈকা থুদিংদা
তপ্পা তপ্পা ত্রুম্না
নাইবংগী পুলিং নৈকোনবু
নৈবাংগী নৈকা ফন্দুনা
হায়ন ত্রুম্না শাংপগুম
পুরিং ইরাং হৌহল্লি
অনৌবা ইথক কাহল্লি ।

## শিংয়ানবা ॥

লোইহৈবি চিংদা কাহুনা
থাংজো খুত্তা পায়হুনা
লোইহৈবি শিংবু য়ানবদা
মথৌদাংবু ওইরিবা
খুলগী শিংয়ানবা নুপানা
নোংমগী মথৌ উবদা
পুক্নিং হয়াও হয়'ওনা
মাগী মথৌ পাংথোকই ॥
চিংমাই মতা কবদা
শিংয়ানবা কাংবু ময়াম্না
লোইহৈবি শিংজা য়ানবদি
মরিং হাও পাখং ময়াম্না
লোইহৈবি পাময়ানবগুমই ॥
লাইরগনি হায়বসু থল্লুদে
ইনাক খুনগনি হায়বসু থল্লুদে
মাগী মাগী মথৌদা
পুক্নিং হকচাং লুপ্তুনা
উগদবা মথৌ উরিবা

খুলগী শিংয়ানবা কাংলুপে ঃ
পুক্নিং লমফাং য়ামদনা
মথৌদাংবু পাংথোকপদা
অরাবা খিবিক বাওহুনা
পুক্নিং হকচাং লুংঙাইনা
লোইবি শিংয়ান ইশৈ শক
থাংজৌ লেংদা থোংহুনা
পরেং ইকায় কায়দনা
লোকমাই খুদেং শাবা লম
লোইবি শিংজা হৌবদা
অরাংবা চিংথক য়ৌনবা
পরেং নায়না য়াল্লক্নে ঃ
লোইবি চিংবু কাবদা
অরাবা শদো থোংলগা,
অরাবা খিবিক কোক্লবা
পামেল উনা অনৌবসী
ঙলা উরুম নিংথিবদা
পামেল উথোং খুদিংদা
ঙাইহাক পুংজা পোথানৈ।
অরাবা খিবিক কোক্লগা
হা তাদা মামাংথোই

অমুক লিক্লা কোক্লিকৈ ;
কোরো বাংনা কাব্রিকৈ
পাযেল শিংবু য়ালহৌসে ॥
বাহং পাওদো ইনহুনা
থুলগী পাখং খিবিক্লা
কোরৌ মৈশা কান্দ্রিকৈ
লোইবি শিংবু য়াল্লে;
হৈ হা — লাওহুনা
পুক্লিং হাবা লৈতনা
অনৌবা রাবি কয়ানা
চুংশিবা মপাও কয়ানা
অনৌবা পুন্সি ওইথরে ॥
নোংবগী মপু চুবিংনা
নোংচুপ চিংয়া পাংবদা
থুলগী পাখং ময়ামদো
শুগদবা মথো লোইহুনা
মখুম নাক্লা হল্লক্লে ॥

# কালেন থাগী
# লৈবাকলৈ

হা লৈরাং লৈরুংশি
কালেন থাগী লৈবাকলৈ
থোংনা নৌরিবি লৈরাংও,
লৈরাং নংগী নত্তোবু
থংদবা চমদে তাইবংনা
মতম্মগী ফুংশিংনা কনবনা
মালেম ফুংশানা চাক্রবা
কালেন থাগী মতমদা
থোংনা নৌবি নহাক্লা
মালেম লৈকন পিঙ্গাইক্লনা
থোংনা নৌনা শাংলিবা
লৈরাং নংবু উরগা
অনৌ রাখল থল্লমই,
ওস্তোকপনি লৈরাংও
কালেন থাগী লৈনবু

থিঙ্গায়হুনা শাংপবু
তাইবং শেম্বা মপুনা
অম্থম ওইযু তমহুনা
লৈরাং নংনা শাংপরা ॥
কনগ্রবা কালেনগী লৈবাকন্
থিঙ্গাইহুনা শাংকনি
খনবদা গুক্তা থোক্লবা
লৈরাং নংগী নগুন্নি ॥
লৈবাকলৈ কৌবি লৈরাংনি
কল্লবা লৈকল ওইসনু
মপুগী নোংদম কায়দনা
লৈরাংনা তত্তনা শাংচবনা
লৈরাংগী ইনিং থুংগনি,
বাখল অসি তৌহুনা
অকনবা মালেমদা শাংপরা ॥

লোইরবা।



## থৌরাংজরেঃ-          থৌরাংজরে।

"ইবোচৌবা লোংজম্বগী"

১।  পুন্সি ঈচেল ( ৱারি মচা )
২।  ঈহৌ ( ড্রামা )
৩।  মমা অমগী মচা ( ড্রামা )

---

তারিক ঙাইবিয়ু।